

অইবা :—

খোইস্নাম ধবলো খাবা

এৱার্ড—থাং-তাং ১৯৯০

# হৌদোকপা

আদগী চিথরকপবু ঐখোয়না আচি হায়না কৌই । আচিগী অমাংবা খোংফমদগী কোকলোমগী মথক অক্তবু খোংফম অনী কৌই অনিদগী অহুম অহুমদগী মরি খাদা খোংফম মঙান । মথাগী আচি অপুনবা খোংফম তারানি- থোইনি । মথক্কা অহুমগা থারগা তারমঙা ওইগনি মসিবু আচি ফিঙ্গুপ কাংলোন হায়না কৌই ।

লাইরিকা অসিগী চেথুমদা য়েকলিবা লাইয়েক অসিগী সম্বন্ধা ৱারি খরদং:- মায়াম্না খংনরিবা আচৌ হায়বা অর্জুন তাইবং হকচাংদদি তাকশোন্নমদা মথুম মরাং হোত্নুনা পালেম ইমানা ইপাদা ইনিত্নুনা পম্থৌ ইপানা ইপৌত্নুনা তাইবং শেম্বা মতমদা আদগী মথক্তাগী ইঙাং কয়া লুতোংদগী চিথরক্লুনা থাগী তাইবং শেম্বা আচিবানা তাইবং শেম্বীবা মহাক্না কোকলোন ওইরবসু থানা তাইবং শেমবনি অত্নুদা ঐখোয়গী তাখৌশাবা মতমদা লাইদা অমদি নীয়ামদা খুউ পুন্না (খুরুম্বা) মতমদা তাগী

মনীংনা মখা থংলগা থুরুমই মতুনা তাকপদি ত গী মতোল অতুম্বানা পম্মৌ ইপাগী শক্তমনি তানিংনা পালেম ইমানি ।

পি পা অনী পুন্না লৈরবদি ইপানা মথক্ত লৈগনি অসুন্না চাওদা নাওতারবা মতুংদা থো মাপল থা লোন চামা নিপাল শাথেক শাওংনবচিংবা লাকপা ওইগসি হায়না মোংশিজরি । অচিগী কাংলোন অমনা ইমা মপুক মন্নুংদা লৈরিবৈদা থালোন অমসুং থে ম্মৌ মচাদি শায়োমনুং পাখংবা নাওয়োম হায়বা তারোল থাংলোন অসিখাগা মসি অচিগী মাংলোনগী শগম্প শাথেক শওংনি ।

## খৌগহেল্লোন

নিংথৌ অমসুং ওঝাদা থাং পীবা মতমদা ময়ানা ওনশিন্দুনা পিরোইদবনি । মথক্তা ময়া থম্নগা পাব য়াই । থাদা মন্না ওল্লবদি ইমাগী পাপ লৈ । পিরগা থুউ য়েং লৈতনা নোলুক্লা লৈগনি মসিবু থৌশল্লো কোই ।

থাং তম্বাগী ঈহাম হানবা পান্না অম ( লাল্লোং )
(১) থকশি খাশি (২) খোংফম (৩) ফিরেপ লাকলেপ

(৪) শাজং লিচৎ (৫) য়াহিপ চাকচা (৬) ৰাঙা, শাঙাং (৭) মিয়েং নায়েং (৮) ফাফন চাফম (৯) নৈফম লাকফন (১০) খুতুম লাক্তুম (১১) খুচৎ লাকচৎ (১২) থোগাল্লান

২সুবা :- পারদা তমগদবা চৈবী চৈরেং শাথেকসুংথেক থোংফম শাজৎ

৩শুবা :- থাংয়ান থাংঙাক খুঙাক লাকঙাক থোংফম ফিরেপ নুংলেপ।

থাং তম্বাগী পারা অমা

৪শুবা :- পরা লাম্লোং: খোংফা চোংবা থাং চৈ পাইজুনা মিয়েং নায়েং অমসুং শাথুপ।

৫শুবা :- চুংগোই পাইবা চাংগোই ময়োন খুংলাই লাকপাই খুথুপ লাকথুপ।

৬শুবা :- কৈফনা চৎনা লানলোং খুংয়ান লাকয় ন খুৎচোং লাংচোং হনদোক হনজিন চোখং খোংথা হৌগং ফমবা ফিরেপ নুংলেপ।

৭শুবা :- ধপ তৌবা শেমজন শাজিনবা খোংফম খুগাইবা খোংফম চোংবা নৈবা লোইনা চুংগোই পুবা চেংথেক চোংশিন শান্নবা।

৮শুবা ঃ— তাংকক অসিদা থাগী পরা থা-লোন চামনি- পাল (১০৮) গী মচুংদা খোংফম অহুম চৈরেম ১২ থুংবাক লোইন্না থা-লোন অহুম তমবা।

## খোঙ্গল্লোন লৈতেং হায়রবা খোংফম অহুম থাং হায়রবা

অহানবা খোংফম অহুম পারা ১ থকশি খাসি হৌবা খোংফম অনি থা কারন য়েংনা নপক থংবা হৌগা খোংফা অহুম খোংখোং লাবা থুংনা লৈব মিং নায়ে শাক্কং লিচৎ থুংনা লাকপা হৌবা ফৈনাখোং অহুম থাং চুংগোই থাদা থাংকক থাংয়াল লাকয়ান উকক্তা চুংগোই ইন্নাবা থুজেং লেবা খোংফম অহুমদা চোংলগা থুরুল্লা অনিশুবা ওতুনা হকচাং ফিরেপ শেম্বা কাংলোন চেল্লগা চোংবা, চেনজোং উপ্পা হুনবা উপহুন লোংহুন মসিনি ॥

## পোহাবগী পাম্বা অম

খোগল্লোন লৈতেং থাংহাই মতাং অসিদা খোংফম অনিদগী তরেৎ চৈরেম ১০ তম্বা লোইরে। থাং তম্বা

লোইরগা মফম স্বদু ঈশিং চাইথোক্কদবনি অমসুং তাইরেন পুংফাইনা চাইথোক্কনি।

## লাললোং থাংলোন

৫শুবা :— চৈবোগী পারা চে চুংগোই পাইবা তমগনি খোংফম অহুনদা চংকনি চৈরেন ঙাকপা তমগনি চৈফু লাকফু তমগনি থুংথিন লাকথিন তমগনি চৈবী পরা মমিংদি ৫ক নাক, থা-নাক পৈবা নাকল কোক য়ানবা অনি দিনবা চৈরেম তারানিথোই মপাশুবা লাললোং থাংলোন চৈবোগী পারা অমনি।

## ২। তাক্কনবানা হুনবা তা ফাবা

(থবাক মপাদা ফাবা খাংদা ফাবা, খোংদা ফাবা)

শনাই অমদি মীওইবনা হৈনবা খোংফম মরো মথল

১শুবা :— থুমনগী হৈনবা খোংফমদি খোংখোং শাগনি খোংফম তাফা মরো লৈগনি।

২শুবা থাবা ঙানবা :— খোং অনি মায়োক্না লেপকনি কারন চৈফুদা হৈনাগনি। খোংলোন খুৎলোন হৈনাগনি। শিংবা মানগনি।

৩শুবা মঙাং ঃ— খোং ওইনা শীনগনি লাঞ্জং হনগনি
থাং মরো লৈতে মশাগী পীথোকপা মহৈনি।
৪শুবা অঙোমগী ঃ– থাংগী থাংনিং থাং মমাংদা মরো
লৈগনি। থাং ময়াদসু মতোন্দসু মলো লৈ।
শাথেক হৈনগনি খুৎলাই প ইবা চেৎলি।
৫শুবা লুবাংগী ঃ– মরো লৈতে লাঞ্জং থোই। খোং য়েৎ
ওই শিংবা মান্নে খোংফম অহুমদা অয়াম্বা
লালোং ওইগনি।
শরাং লৈশাং থেম্বা ঃ— থাংখোক মথক মরো লৈবনি,
অরুম্বা খুৎলাই পাইগনি মী মপাঙ্গল কনগনি
খোংফম অহুমদা মফৈ চেৎপা হৈগনি।
মোইরাং ঃ— থাংখোক খুংপাই চেংকনি থাংনম মতোন
মরো লৈগনি। লানলোংদা মরো লৈতে।
মী মপাঙ্গল কল্লি।

# থেঙ্গো অমদি খোশারোন

১। তাইবং পানবগী সিদাবা মপু কুরু সিদাবানা মচা-
নিপা সনামহি পাথংবন্ন লৈশেম্নবা থেঙ্গো তাকখি।
থেঙ্গোদগী মালেম অসিবা সনা-মহিনা খোশারোন
পাম্লাকখি।

২। মথল কয়াগী খোংগী খোশারোন লৈবদগী লৈপাক্কা ইফনবা ওইবা মাংনবা য়াওদ্রবা মফম নাইবা থোগলবা মথল মাপলবু হৌজিক ফাওবা শিংথান্দুনা লৈরি। মহারাজ চুরাচান্দগী মতম ফাওবা খোশাবোন মাপনশি চুম্না হায়না চাংয়েং য়েংদমনরি।

৩। লাই থৌঙ্গল লাইরোনগা লোইনবা থাংহাই চুংগোইগী মথক্তা থাং থম্লগা থুংউ লৈতানা খুজিল তরা লোংন্না ইমা ইপা থক থা মঙাং লুবাং থুমন অমসুং থুম্বা লাইবক কংলগা থাং চুংগোই পাইরগা হায়বা হৌগনি। সিবু লাই থৌগল থাংহাই কৌই। থাং হায়বা লোইংগা পুক্লিং লৈতানা খোং থুং লৈতেমগনি অমসুং লৈতাগনি পুক্লিংদা থুঙ্গং মাশি মীনা থোক্তনবা শংঙ্গোল নাইকোল থলবা খুনজাও লৈচাওবা পিবিয় পুক্লিংদা নিগনি।

থাং হায়বা ঃ— থৌঙ্গলোন মমাংগী অমাশুবা পারাগী মতুং ইন্না থকশি খাশি থৌঙ্গলোল তেবগা মায়কৈ মরি খুক্রমগনি খুরুমলিবা লাইগী মমিং কৌক্রু থাংজং মারজিং লোইয়া লাকপা হায়রিবা লাই মরি অসিবু চুক মরি হায়নসু থংনৈ। মরমদি নহাল নোং মালেম লৈশেমগৌদা

লোংখোং কোইবগী মাদা গুরুগী মাংদা পাখংবনা মালেম শেমবদা পরিং লংছিং লংলা তিংলগা মালেম শেমখি. তিংখিবা চুক মরি অদুগী মমিংবু কৌরু থাংজিং মারজিং লোঙ্গৈয়া লাকপা কৌরিবনি অদুনা লাই মরিবু নিংলিবনি।

*খুংলাই য়াওদবা থাংলোনগী পারা ১বা পাৱা (শায়োমনুং)

*ইপা ইমা অনি পুন্নগা মমিং অচি হায়না কৌই।

ঐখোয় তাইবংগী লেংলি পাল্লিবা অচং চংতাবা মালেমদগী হৌদুনা হিংলিবা মখোম থকুনা হিংবা মরুমদগী ওন্দুনা হিংলিবা পুম্মক পলেমগী শায়োমনুংদগী পাপো ইপানা ইমাদা ইবাংদুনা ইনিরগা পন্থোনা লোইদাম থাজ অহুম পুরবা মতুংদা পন্থোমা পলেম ইমাদা ইপিদুনা পলেম ইমনা লোইদাম থাজ তরা (১০) নাওপুন্না লৈরিগী ফিদুপ কাংলোন খোংলোন খুৎলোন তম্বা হৌরকপা অদুবু শায়োমনুং হায়না কৌই।

## খুংলাই য়াওদবা থাংলোন

২শুবা পারা:— হৈনা চংপা খোংলোন খুৎলোন তাইবং মাওইবনা পলেমগী ইনুংশিলৈ-লোমদগী তাইবং

ফাওবদা নংগো শৈনা শৈহৌরে নবানা লোংনা কোরো অবা ববু য়েংজনা লালোংদা খোংলোম খুংলোন খোংফম মরিনা হৌগনি মসিবু নবাগী শৈদম তম্বীবা খোংফম মরি কৌই। লোংবদুগী শথ্রুনা উলবা তরংদা খোং খুং কাওজনা লৈ পুক্লিংগী খোংলোন খুংলোন নিংশিংবা খোংফম মরিগী খোংফমনি হংউ। মথংদা ইমানা মিংকোরোনবু কৌজনা মম-মম ফ য়জনা কৌজনা শাম্বা পাঙ্গল হাপলে পাঙ্গল কল্লে খোংফম মরিদা শগ শাজনা চংলে খোংফম অনাদা লেপ্লে।

অনাদগী অমা লালোং হৌরে অজুবু খোংফম অহুম কৌই। মিকোয়োনদি পালেম ইমনা কৌরনি মমিংদি তাই তাইকো হায়বা তমিরে থাংলোনগী মমিং বৈরা রৈরা রারেরা কোরে পলেমগী পারা অসিবু খুংলাই পাইদবগী থাংলোন্নী।

অশুবা পারা (A) মমিংনা শিনতবা :—

খোংফমদি খোং অনিনা হৌগনি য়েংনা মাং থাংগনি ফেনমগনি খুংলাইদি চৈনা হন্না পাইগনি পারদি চৈরোন চৈচং চৈফু লাকফু খুংঙাক লাংঙাক খুংথিল নুংথিল খুংলং লপলং মাচিংবা পারা থরা অসিদগী হৌগনি।

(B) থাং ময়া পান্দবনা হৌগনি অমসুং তমগনি পারাগী মমিংদি থাং য়াল থাংকক থাকোক থাংনিং থাংচেং থাংপাক থাংতেল থাংমাং থাংনম থাংওং পীরিবা পারা অসিনা মরু ওইনা থন্নগা থাং তম্বা হৌগনি খোংফমদি অমা অমসুং অহুমগী পারা অশিবু থাংয়ান থংকক হায়না কৌই ।।

(C) শিনতাকপা থাংলোন এখোয়না মালেমদা লালোংদা হিংন্নবা ইমা ইপানা তাকপি তমবী মতুংদি সুলোমতুনা হিংগনি হায়না মতুদা থাংলোন তারোনগী মরু ওইবা কয়া য়াওরে মসিদা পারা অমনি । অনিসুবদা এখোয়না হিংলিবসি পোক্লফম লমদম ইমা লৈবাক ঙাক্লবা কাংলুপনি মীথা পোনদনা হিংগদবনি হায়বা লালোংগী থাংলোন অমা মসিবু শিন তাকপা থাংলোন অমনি মথংদা এখোয়না মাতৈনি নখোয়গী য়েক শলাই চাককোক চাওতা নাওতা লৈ । মীয়াম্না খুতুম চন্দুনা ঙাক্লিবা লালোং অসিবু ইমা ইপাগী শিন তাকপা লালোং থাংলোনগী মতুংদা লৈবা অমনি ।

# শিন তাকপগী অনিশুবা পারা

মফম খুদিংমক্তা লায়কৈ মরি সুংদাই নিপালদা চক্লুনা খাংবদা কান্নবা থিজিন খোংশিনগনি । মঙাং লুবাং থুমন

থাবা ঙানবা স্নরাং লৈশাং থেম্বা অঙোন মোইরাং ইয়েক তরেৎ সলাই মাপলন শিজিন্নরবা থা·লোন তারোন কংলৈপাক্তগী তম্মু্রবা মতুংদা মপালগী মীরেপ থাংলোন কয়াসু থংলবদা মথল মথলগী লাললোং অদুবু নৈ কোই থাংলোন অমসুং লৈকোইবা কৌই ।

ওয়া ওইবা হায়বা অসি অর'ইবা অমা নত্তে ছাত্র থুদি-মক্না হংবদা ছাত্রগী পুক্নিং শেংনা ত'ক্কনি খংদবা থংনবা ত কপা, চংনবি কয়া তাক্কনি থৌঙ্গলোন থকশি খাশি ত'ক্কনি ৱাঙাং তাক্কনি লমচৎ শাজৎ তাকপিগনি মপৌ মশক তাক্কনি লমচৎ শাজং মিংয়েং নারেং য়াহিপ চাকচা ফিথুপ কাংলোন তাক্কনি অসিসু থাংলোন ঋমনি অযাবোমদা ওয়া হায়বসু য়াই ।

## হিরি শেনবা থাংলোন

হিরি কোনবা প'য়দি মীওইবনা তেবা থবক অমসুং কা লোন থুংলোন থোংলোন ৱাঙাং শাঙাং লমচৎ শাজৎ থংনবনি মাগী ৱাথললোন্দা থনবা নিবা অত্ত চন্নাবনি । মসিগী মরু ওইবা পারা থয়দ:

১। মিংয়েং নায়েং লমচং শাজৎ ইন্নুল লাকন্নুন থুংলাক মালাক থুংতো লাকতো বাঙাং শাঙাং শাথুং নুংথুপ মরু ওইবা থরা অসিবু খংলবা অমসুং থুদিংমক চু বাখল্লোন্দ! উবা ওয়্রবা মীওই অদুবু হিরি কোনবা কৌই।

# ফিথুপ অহুম মশাক তাকপা

থোংথোং শাবা × (করন) মসগী—

থুংয়েক অসিবু থোংথোং য়ুংবা হায়না কৌই। থাং তাগী অচেৎপা ফিরেপ লেপ্পা মতমদা চুংগোইনা থরাক মপাদা পুশিন্দুনা থুনং ফাওবা কন্না থল্লগা থুং ওইনা চুংগোই পাইগনি। থুৎ য়েৎনা থাং পাইবা মতমদা থুং কোল্ল। থাং অত্তু চুংগোইগী মপান্দা ঙারেপ পাইগনি মসিবু থোং-থোংনা লেপ্পা ফিরেপ ফিথুপ কৌই।

২শুবা ফিরেপ ফিথুপ :—

চেপ্পা নম্ব্রগা মাং পুরা ওনশিন্দুনা থোং য়েৎ ওই কেনয়প থুং অনি ফরপ লৈনা লেপ্পা ফিরেপ ফিথুপ অসি মুক্কা শান্নবা পুংচোলোম তোবা অরুম্বা থাংবা মতমদা ফিরেপ ফিথুম অসি শিজিন্নে।

থোংথোং অমগী পারা অমা :— ঐথোয় মীওইবনা লাম্লোং শিজিন্নবা হৌরকপদগী শা ফাদুনা চাই অমসুং হিংই শা কয়া মীওইবনা ক্বাথি শাশিং অতুগী মরক্তা কৈনা খ্বাইদগী লাম্লোং হৈ।

অদুনা ওসি ফাওবদা ঐথোয়না থাংলোন্দা কৈগী চেকপ হায়রগা ওসি ফাওবা থংনরি য়োংদগী উপন্থুন নোংন্থুন চেপ্তু কৈতুপ হায়বা ফিতুপ থাংলোন অসি ওসি ফাওবদা শিজিন্নদুনা লৈরি। পুংগী চোলোম, চুহারন কেবা থোংচং লাকচং গোরতাল থিংবানচিংবা থুঞ্জেং লৈবা থুংফম লাকফম পাং হায়বা তা থোশাবা অসিদগী লৈ-থোকখিবা থোংলোন থুংলোন ওাক্তনি হায়বদা হায়গনবা থোকলোয় ॥

৩ শুবা থোংথোং শাবা :—

ফিথুপ কাংলোন শাথুপ অমগী পারা অমা অতুমগী থোংথোংদি খ্বাইদগী লুই। মাংয়েং নায়েং রাখল লোশং লৈরিবা থাংলোন তারোন অতুম পুলপ পুন্না রাখল্লোনসু অতুম ফিথুপসু অতুম শাথুপসু অতুম পুল্লগা থুপকনি, থুপ্পগী থাংলোনগী মমিংদি নোংশাবা ফিথুপ কৌই। চোংনগা

চেগপ কৌই। চোংশিন্দুনা থাংয়াল কৌই ঙাক্লগা খুৎঙাক লৈঙাক লৈকল কৌই। হল্লগা পনিং পমাং কৌই থক্তা চোংলগা ল্যোংহুন কৌই। মমাংদা চোংলগা উপহুন কোে য়েক্তা চোং লগা হে হায়না কৌই ওইদা চোংলগা হা কৌই। অরোইবদদি মকোক্কী অহৌবা খোংফম অনিনে অহৌবসু অনিনা হোগনিয়ে॥ অরোইবসু অনিনা লোইগনিয়ে। খোংখোং শাবগী অরোয়বা পারনি।

## খোংখোং শাবগী ওসুবা শ্বোয়গী কাংলোনগা লোয়ননঃ জাত্রা অমা।

ঐখোয়না ওঝাশিংদগী তগজরকপা থাংলোন্দা তারোন শ্বোরগী থাংলোন অমা বার মচা অমা ওইনা ফংজে মনিপুরগী ইতিহাসতা লৈশ্লবা পাওনা পাওনম ওঝা (নাওলশিং) অমসুং নবাং ব্রজাবসি অসুপ্পা থংনরবা ওঝা অসি ঐখোয়না কোরো পাদম লাকপদা থাং ত'দা ওঝাদগী হেনবা লৈতরে হায়না থল্লি। থাংলোন তারোগী বারী তাবসু লান চংকদতা নুমিং অতুদা চিংখৈরোল য়েংতু কোরো নুমিং অতুদা চাংখৈরোল য়েংতু কোরো পদম

লাকই শ্বোর ফিথুপ অহুম খেংফম ফিথুপ অহুম জাত্র য়েংবা অসি শিজিন্নৈ। জাত্রসু থাংলোন্নি হায়না ওঝাশিংনা তাকপী। য়ুমশা কৈশাবদা জাত্রা অহুম লৈ জাত্রা অহুমগী মন্নুংদা (১) পোকপা ২) শিবা (৩) হিংবা জাত্রা অহুমনি ওঝা পাওনা খোংজোমদা জাত্রা হুন্দুনা লান থেংনৈ ভদ্রব্রু ওঝা পাওনদি খংনা হুনবা জাত্রানি হায়না অথং অহৈশিংনা ঙাংনৈ।

নোং ঙানলনদাইদা খ.খিবা শিবগী কাংলোন্নি ওঝাগী অরোইবা মতমদসু বোমগী থৌরি ককখি ঐখোয়না ৰারি তাজবদা থাংলোনগা লোয়না হোংনজবদা থোংখোং শাবানা অহৌবা অরোইবা অহুমগী ফিথুপনি হায়না হায়জিনিংই। অসিবু থোংখোং শ বা ফিথুপ হায়না কোই।

থোংখোং শাবা হুবা পাঃা শ্বোরগী কাংলোন
অমসুং শাথুপলোন :—

লানলোং শিজিন্নবা মতমদা শ্বোরগী কাংলোন নিংথিজনা শিজিন্নগনি মিং নাকোংশিংনা শিজিন্নগনি,

মিৎ নাকোংশিংনা লৈগনি। খার ক'ংলোন অহুম্মক শিজিন্নবসু হৈরবদি অচংবা ঙ কুনি হৈত্রবদি অশিবনি খোংফমগা কোন্নগা হায়গে খোংফম অনি ফিরেপ অথুপ,

অহানবা খোংখোং ঃ— অনিশুবা খোংখোং খোংফম অনি মাই - পুংয়াল অহুমশুবা খোংখোং মাই লোয়ননা খোংফম অনিদগী অহুম কারন চৈফুদা ঙক্লগা থক্তা—থা লৈরগা চোংগনি খোর অহুমগী মমিংদি মঙাং লুবাং থুমন কোই।

হোঃরোঃ সোঃ সুকোই। খোংফম মঙাদি পুন্সি মুংশাংলোন্নী মশক থংউ অমনা মঙাং অনিনা লুবাং থূমন লৈপাক অতিংঙা মঙা অসিনি।

খোংলোন থুংলোন খোং অনী ফৈনম্না মাংতিংন্না খোংবী মরাই লুকলপ মিৎয়েং অমদগী মিৎয়েং অহুম ফাওবা য়েংলগা চংগনি। শা থেংনবা মতমদা হৈনবা খোংনা মাং থংলগা খোং থুৎ মিৎ নাকোংশিংন ভুইদেমগী থাংলোম্দা নিংশিংলগা খোর কাংলো য়েংলগা শাথুনা লালোং হৌগনি পান্নরিবা শাগী মঙ য়েংলগা শলিৎ শালক শরে শারা লালোং তৌগ

থোংখোং শাড়ুনা লৈগনি। মসিবু শাথেংনবগী থোং খোং শাবা থাংলোন অমনি।

য়াম্না ম'ম্লবা অহিংগী মতমদা শিজিন্নবা থোংখোং শাবগী পারা অমা অমম্বদা মখোল নম্ৰগা শাড়ুম মমি শামি অমা ক্ষংবা তারবদি অমম্বদা গিং থুজিন্দুনা লংদোক্তুনা য়েংগনি অদুদা উরিবা মমি অনম্বুং তারিবা মখোল মপা লাক্পা নিংশিংলগা হকচাং কল্লগা থাংলোন কয়ানা পাইরিবা থুংলাই অমম্বদা কল্লা থোংখোং শানা লেপকনি।

থুলাই য়াওদনা থুং অনিমা কল্লগা হৈনবী থোংখোং দা লেপকনি অসিবু অমম্বা লালোংগী থোংখোং শাবগী পারা অমনি।

ঐগী য়েক্রবা ময়াম্না য়ুমগী অকোইবদা থুংলাই পাইড়ুনা থোং হাংদোকউ কায়ড়ুনা লৈরবদি থোংখোং শাদুনা লেপ্লগা মনিং থোং নম্ৰগা মমাংথোং প্নোরগী কাংলোন য়েংড়ুনা মপা লাকপা থাংলোন শিজিন্নরগা খোম্লগা উপহল নম্ৰগা লোংহুনগী পারা নিংশিংলগা মীয়ামগী থাংমদা তান্নবা চোংলগা থোংখোং শানা লেপ্লবা মতুংদা মিফুরোল শাফুরোল হৌগনি।

মরু ওইবা থাংলোন্দা মপা লাকপা থাং লোয়না অয়াম্বা শিজিন্নগনি অসিন্সু থোংখোং শাবা পারা অমনি।

তাগী মওং

মরাম তাগী লাল্লোংদি মরো লৈ তাগী মতোল অমদি নাক যেৎ থৌগনি থৌরিবা ময়া অদু মী শা হাৎনবা অমদি হকচাং কন্নবা তারোননী, হকচাং কন্নবা তা অসি লেপ অমা বাংগনি (শাংগনি) মসিন্সু হকচাং কন্নবা তা হকথং তা হায়না কোই। মৈতৈ এখোয়না মরাম তা অসি শিজিন্নে।

কবুই তা :— কবুই তাগী মওংদি মচেক ময়া থোবা লাললোংনি তাগী মওংদি মরাক পাকই মসিন্সু হকচাং কন্নবা তানি। কবুই তা অসি শা-ঙা ফাবদসু শিজিন্নে। করিগুম্বা তা অদুনা শাদা পানল্লগা শা অদুনা চেন্দুনা চৎখিগনি মশা অদুনা চোকথরবা কান্দা শা অদু ফাগনি।

তা লংথংপগী মওং থরা :—এখোয়না তা লাংথৎপা মতমদা মনিংনা মথকতা লৈথৎকনি তা মচিন্না মথাদা লৈহনগনি তা অসি লংথৎপা মতমদা খুদোনবিনা লৈদুনা লংথৎকনি তা অদু তারকপা মতমদা থবাক্লা লোংথোক্লগা ওক্লনি অদুগা থোংখোং শানা লেপকনি।

তা লংথোক লংশি শান্নবগী মওং :—

মমাং ঙৈউদা মীয়াম মমাংদা থৌশাবা মতমদা মৈতৈ ইপা ইপুসিংনা শিজিন্নরম্বা তারোনদি তা অসি ইশানা লংথোক্লগা চেনশিন্দুনা তা অত্তু ফাগনি অত্তুগা তুংলোমদা লংথোক লংশিন শান্নবগী মওং অমসু লৈ মত্তুদি অহান· বদা হকচাং অসি থোংথোং শানা লেপকনি হকচাং অসি থবা পাকপগনি অত্তুগা থুং য়েংনা অমুক ওইনা অমুক তুংলোমদা লংথোক লংশিন শান্নগনি ।

তারেং তাওং শেম্বা :— হায়বদি ঐথোয়না থৌশাবা মতমদা থোংক্ষম চংপদা তা অত্তু থুংদোনবীন লৈ লৈত্তুনা (হায়বদি তা অত্তু উংহন্দুনা) চংকনি মসিগী মওং অসিবু তা-লৈবা নম্ভ্রগা তারেং তাওং শেম্বা কৌই ।

শাদা তা লংবা মওং :—

করিগুম্বা ঐথোয়না অচেনবা শাদা তানা লংবা তাব-বদি চেল্লিবা শা অত্তুগী মমাংদা থপ্নাই অমা হেন্না লাপ্লা লাংগনি মতম অত্তুদা শা অত্তু শোইদনা থিনগনি ।

তাথিল লাকথিল :— ঐথোয়দা মীদা মন্ত্রগা শাদা তানা থিনবা তারবদি তা অত্তু হেক থিনথিবগা য়াম্না

থুনা শৎকনি নল্লবদি ঈনা। ফমজিনখিড়্রনা তা অড্ড শৎপা ঙমলোই।

খঙনিং তা ঃ— খঙনিং তা হায়বদি ঐখোয়না কৈ নোংশা অমস্থং শাওম ফাবা মতমদা তা অড়্গী মনিংদা থৌরি অমা কিশিনগনি করিগুম্বা শা অড়্দা পানবা মতমদা শা অড়্না চেন্দুনা চৎথিগনি মতম অড়্দা ইশাদা থাংনিং তাগী অশাংবা অমা পাইখৌগনি মসি খঙনিং তাগী তারোন অমনি।

কৈ হাংপগী মওং ঃ - করিগুম্বা কৈনা মুন্না রেংড়্না লৈবা তারবদি হায়য়বদি হোদোংনা উচি লাক্লমদাইদা লৈবা অড়্গুম্বা মশা অদ থুপ্পুনা লৈঙ্খবদি তানিংনা লৈপাকতা য়ামনা কন্না য়ুংশিন্দুনা থম্নগা তাগী মতোন মপাদা ঐহাক্না ঙক অসি থমগন অদুগা থুংনা থাং অমা পাইরগা য়াম্না মাং-না শিংনা খোংখোং শানা লেপ্পুনা লৈগনি।

করিগুম্বা কৈগী মমৈ অড়্না রেংতা ফুরগা চোংলবদি ঐহাক্না ওইদা চোংগনি, ওইদা ফুরগা চোংলক্লবদি ঐহাক্না রেংতা চোংগনি। করিগুম্বা কৈনা ইশা তমবা

লেপ্তু্না চংলক্লবদি চেলবা য়াদে ইশাগী বাখল চোইদনবা হোংনগনি পাখৎপা য়াদে, ইশাগী হৈজবা মহৈ খুদিংমক নিংশিংতুনা শিজিন্নবা হোংনগনি মরুওইনা ইশাগী কোক শেন্নগনি মতাং অচুদা তানিং তামাং হায়বা তারোন অদু শিজিন্নগনি।

(১) তাম্নোনগী খোংকম চেংনবা শান্নবগী মওং :- লৈখোম অনৌবা মনানবা লৈম্যু মতুম অমা লৈপুংগু না য়ামনা পৈদ্না থমগনি, ঈশিং হৈজিন্দুনা লৈপুং অদগী মথক্তা তা চুং পাইদ্না চোংখৎতুনা শান্নগনি। মদুদা ফিভম চুমনা লেপ্পা ওন্নবদি খেংকম চেলে হায়না লৌগনি মসি তম্বা খোংলোন খুৎলোন মসি অহল লমনশিংনা শিজিন্নে।

(২) ঈশিং খ্বাং য়েনা কুম্লাগা তা চুং পাইদ্না খোংকম তানিদং অচুমদগী সুম সুম তয়া মরি ফাওবা চোংদ্না শান্নগনি অদু ওইরবদি কম্নাক কল্লি অমচুং চোকথদ্রে মসি তারোনগী থাংলোন তারোন অমনি।

(৩ ফুং ১০-১২ ফাওনা শাংবা চৈ অমা ফুৎ অনিরোম বাৎনা ফৈরগা তা চুং পাইদ্না তপ্না-তপ্না

চংকনি চংপা মতমদা মিং অসি মথক মথা য়েংগনি।
তারক্কপা মতমদসু খোংক্ষম কাইদনা লেপ্পবা হোংনগনি

(৪) শাফারোন তারোন শাওম ফাবগী নিয়ম :- তানা শাওম ফাবা তারবদি মপাক্কা মচেক খোইনগনি, হেক থিনবগা য়াম্না থুনা শংকনি তা ফাদনাবা হোংনগনি. শাওমগী থবাক তমগনি। মথাবাক্তা চোরিবং অদূদা থু লাই থাগনি মথুংনা তা পাইত্রবদি নাকলগা থাং শঙলগা মথুংজিল মথুঙ ফক্লগা মথবাক্তা য়ুংনা থাংনা থাইগনি। মসিবু শাওম ফাবগা শাফারোন কোই।

(৫) কৈজেংলাং ফাবগী মওং—শা অসি ফাগে হায়বা তারবদি তা চেকশিনগনি অমদি থাং মথল অহুম মরি পুস্নগনি মরমদি কৈজেংলাং হায়বা শা অসি মথুং অমদি ময়া য়াম্না শিংই অদুগা থুংলাই ফাখিগনি মরম অদুনা থুংলাই থরা য়াম্না পুস্নগনি, মতম লৈবা খিবিক্তা ঙক অসি শেন্নগনি।

(৬) শামু ফাবগী মওং :—করিগুম্বা য়াম্না শাথিবা শামু থেংনবা তারবদি করিগুম্বা ঊ অচোবা লৈবা তারবদি

উ অতুগী মরুমদা হকচাং অসি থুপ্তুনা লৈগনি শামুগীদি মনাতোন্না মপাঙ্গলনি মরম অতুনা মহাক্কী মনাতোন অতু হান্না পাঙ্গল চন্নাবা থোংগনি, মথংদা থোং থুজিলগী মথক অতু থাংনা য়ান্নবা অমস্থুং থিনবা তৌগনি। শামুগী মথোং ককপা মতমদা হকচাং অসি ওনসল্লগা হায়তুনা কক্কনি মসিবু শামু থুগা ককপা থাংগোন হায়না কৌই।

# তাইবং নবাগী থোংফম থুংফম

(ফোংকপগী হবা) :-

১। খোংফম অমাবু মডুং কৌই অনিবুনা লুরাং অতুমস্তুবনা থুমন কৌই নবা অডুং ওইরিবৈডদা তাইবংগী খোংলোন, থুংলোন কোরোদা মরি মালেমদা মরি খোং-ফম অনীদা শৈকম থোতমলে। খোং অনিদগী হৌবদা খোংফমবু হৈনা মিংয়েংনা তাই থুনা চায় তুম্বা লেংবনা বৈ রৈ হায়না খোনজেন ইনিংগা লোইন্না পলেম পাঙ্খৌনা অহানবা ওইনা তাইবংগী মালেমদা তম্বীবা তৌরকএ।

(২) থা লোন তারোন খোংলোন জমদগী তারেং পুনা মচা কোই। মপল ফাওবনা অসুবা ১৪ ফাওবনা অঙোবা কোই।

লৈ-কাংবা:- হকচাং অসি কোল্লপ খোং অসি থুল্লগা খোংহোন্না লৈপাক্তা য়াম্না তপ্পা থন্নগা খোং য়েং ওইচোংথং খোংথং শান্নবা চোংশিন্দুনা চোংলগা চুংনা থা কোল্লগা তানা তামাং তানিংনা হকচাং থোখোং লোইরগা পুক্লন্না মসগী মওং অসিবু লৈকাংবা হায়না কোই।

মরম খরা: চীংগী হাও ভমনা হাওচোংবা মতমদ। নীপা অড় মমিং নাম্না শেপ্পী মহাক্না চোংবা শোগী গরোল তগী লালোংগা থোংফমবু থোপল খোশা হায়না থংনখি মিং শেপ্পা মপি মরাম নুংশেন্না হায়না থংনবা তারোন খোশা অমনি। লাইনি খো থাগেম্নগী মতমদসু থাং তাগী মরা লৈনখি। হোজিক মফম মতম কয়দনা শাবা য়াবা খেশারোন্দি মরাম্বা করুই, খেম, চোংয়েঙ্বা, অথো নুঙওন তাংখুল অমিনচিংবা।

# উরোক্ত ভাখাদা চাংদম্নবা

থৌ অসিগী ফিথুপ ঃ—ভা লৈবা, তা লংবা তা লংখংপা, তা চিংখংপা তা চিংথবা তা লংথোক্লগা হকচাংদা লাকছনবা, তা ৎকপা তা ফাবা।

ঙল্লিঙৈ মন্তমদগী মীতৈগী ইপা-ইপুশিংনা হৌজিক ফাওবদা শাজিন্নরীবা তা খোশারোল থরা ঃ—

১। কবুই থৌ

২। মরাম নুংশেন্না

৩। মরাম অচোবা

৪। অথৌ চুংকাং

৫। অথৌ খোশারোল

৬। অথৌ অমদি তাংখুল খোশারোল

৭। মরাম মচা

৮। তাংখুল

৯। খেল খোশা

১০। খেল খোশা

১১। উরোক্লা ঙাখাদা চাংভম্বা

১২। থৌগল খোশা

১৩। থিং খোশা

১৪। অথৌ থূনজাও লৈচাও

১৫। পল্লিং পনযাং

১৬। নুংঙোল খোশা

১৭। নুপী খোশা

১৮। লুল্লবী খোশারোল

হায়রিবা খোশারোলশিং অসিগী হোরককম হায়বসি কনানা করম্বা মতমদগী খোশারোল অসি শাখিবগে করম্ব: থোদোক্তগী শাখিরনো হায়বশি শম্লপ্লা খোশারোল থরগী বারী পীরি।

নুংঙোল খোশা ঃ—খোশারোল অসি লাই হাক্তক্লী পাখঙবা নোংথোং কোইবগা মরী লৈনৈ। অতিয়া গুরু শিদবনা মচা অনি সনামহী অমদি পাখংববু কৌশিল্লগা মলেম অসি তরেৎলক কোইবা ঙম্বা নীপাদা নিংথৌ কম্বাল শিন্নগনি তাকপিখি। মদুদা হরাওরদুনা অসিবানা

মালেম কোইবা চৎপ্রে অড়গা পাখংবদি মালেম কোইবা মহাক্কী মতিক নত্তবনা মথ্বাই ৰানা লৈরম্মী। মতৌড়না মমা লৈমরেল শিদবীনা মচাদা পন্থৌগী ফম্বাল ফমথোং তরেংলক কোইবগা মালেম অসি তরেংলক কোইবগা মান্নে তাকপিখি। ৰাফমশিমক পাখংবনা পাংথোক্ত্না মপাবু থুরুমাখ্খ লোয়ননা ফম্বাল কাখি। থৌদোকশিদগী "মপা খংবা পাখংবা মীংথোনখি। সনামহীসু মালেম কোইবা লোয়ড়না নিংথৌ ওইরনি হায়বা ৰাথলগা লোয়ননা লাকখি। অড়বু পাখংবনা ফম্বাল তোংড়না লৈরম্বা উৰদা অসিবা শাওরড়না মালেম অসি মাংহল্লগে হায়ড়মা ফক্কায়বা হৌরক্রমই। মতৌশিদা তাইবং মালেম অসি মাংবা তারে হায়ড়না শাওবা ফনবা হায়ড়না ইমা লৈমরেল শিদবীনা মচা অসিবগী মংদা থৌসাই। ময়াম্না নুং ওল্লগা শাই হায়ড়না নুংঙোল থোশা কোই।

মরাম লুপ্লাবী থৌশা :— মমাংঙৈ নিংথৌ পাল্লিঙৈ মতমদা মেরা হাও চাওচোংবা" হায়বা চীং অমসুং তমগী ওইবা অচৌবা ফুম্মৈ অমা পাংথোক্লম্মী কুম্মৈ অসিদা মী য়াম্না মানা মানা হৈজৰা কুম্মৈ নিথৌগী মংদা উংলম্মা।

অসিগুম্না অসিদা মরাম হাও অমনা খো শাদুনা উংলম্মী, মসিদা নিংথৌনা য়াম্না পুক্লিং চংনা য়েংবাথি। অমস্তুং মখাইনা ত'বা কুম্মে অমা ওইথি। চহী কুমওন লানখ্রবদা মেরা হাওচোংবা মতম অমুক ওইরক্লবদা মরাম হাও অদু নিংথৌনা নিংলিবারক্লুনা খোশারোল অদু শাননবা তাকপিথি। অদুবু থিরবদা তম্না হাও অদুদ শিখিয়ম্রে। মতমসিদা মরাম লুখ্রবা অমনা হায়রীবা খোশারোল অদু হাও নিপা অদুদগী তমহো হায়দুনা ফিশা তেম অমা পাইদুনা নিংথৌগী মাংদা খোশাখি। মসিদগী মরাম লুখ্রবা খোশারোল হায়না খঙনখি॥

মরাম নুংশেপ্পা ঃ— মেরা হাওচোংবা কুম্ম অসিদা নিংথৌগী মংদা মমীং মাম্পা শেপ্পা মরাম হাও অমনা খোশাখি। তসুম্না মমীং মাম্পা শেপ্পা হাও অসিমা শাবা শোগী মরোল তাগী লালোংগী খোংফমবু মরাম নুংশেপ্পা হায়না খঙনাখি। অসুম্ন খোশারোল থুদিংগী গোঙান তোঙানবা বারি লিখুনগা কোন্না লৈবা খোশারোল তাকতনি। অমমমগী বারি লিখুন পাক চাওখিবনা লোইনা ইকল্রে অমা অনিদংগা লৌখৎচবনি॥

মথক্তা খোশারোলশিং অসিগী হৌরকফম থরা পীত্রে
লাল্লননা মসিগী খোঙফমশিং মথাদা পীরী।

## ১। কবুই খোশারোল

১। থূরুম্বা
২। পানা লাওবা
৩। য়াংবী কাংবা
৪। খোং নিকপা
৫। অমুক চোংশিনবা
৬। য়েং ওই অন্ত্রমলক হনবা
৭। য়েং ওই হোংপা
৮। শেংপা
৯। শৌ কাইবা
১০। লান য়েংবা (মাইকৈ মরী)
১১। লান চেনবা
১২। শা থংপা
১৩। শা থিনবা
১৪। থুরুম্বা

## ২। মরাম ন্নুংশেকপা

১। খুরুম্বা
২। য়েৎ ওই মাইকৈ থিন্দোকপা
৩। চেগপ চোংবা
৪। হনবা
৫। য়েৎ ওই হোৎপা ( য়েনফৈ হোৎপা )
৬। শেৎপা
৭। শৌ কাইবা
৮। লান য়েংবা
৯। লান চেনবা
১০। শা থৎপা
১১। শা থিনবা
১২। খুরুম্বা

## ৩। মরাম অচৌবা

১। খুরুম্বা
২। খু নিকপা

৩। হনবা

৪। চোংশিনবা

৫। হনদোকপা

৬। হোৎপা

৭। চোংশিনবা

৮। শেৎপা

৯। শৌ কাইবা

১০। লম য়েংবা

১১। শা থৎপা

১২। শা থিনবা

১৩। খুরুম্বা

৪। অংশৌ চু.চাং

১। খোঙকম অহুম মাংদা চৎখৎলগা খুরুম্বা

২। চোংশিনবা

৩। হনবা

৪। থৈনা য়েৎ ওই খোংফম চৎপা

৫। (য়েমথৈ) হোৎপা

৬। শৌ কাইবা

৭। শেৎপা

৮। মাইকৈ মরী লান য়েংবা

৯। লান চেনবা

১০। শা থৎপা

১১। শা থিনবা

১২। খুরুম্বা

৫। অথৌ খৌশাগোন

১। অহুমসক খুকউ পোংলগা খুরুম্বা

২। পানা লাওবা

৩। খোং য়েংনা কোৎলগা ওইনা অনিবক চংশা

তিংনা নিক্তুনা ওলক চংবা

৪। করন্দা ওলক চনবা

৫। খোংফম ওনা অমা ওইরগা ওলক চংবা

ওলক কান্দা হনবা

৬ খেল হোৎপা

৭। শৌ চবা ওলক ত্থপা ওলক যুবা অরোইবদা

পানাগী মওং তবা

৮। উচেক খোংদা ওলক হনবা

৯। লান চেনবা

১০। শেৎলগা খোংফম হম্ভদুনা খুরুম্বা

## ৬। অথৌ অমদি তাংখুল খৌশারোল

১। অহুমলক চোংশিন্নগা খুরুম্বা (তাদি নাকন্দা য়েংপকনি।)

২। অমুক চোংশিন্দুনা তুংদা খোং অহুমক হাইগনি অদুগা খোং থিনগনি।

৩। খোং য়েংনা অমসুং খোং ওইনা অমুক থিন্দুনা অহুমলক হোৎকনি।

৪। মাংলোমদা চোংশিন্নগা খুরুমগনি।

## ৭। নরাম মচা

১। চোংশিন্নগা খুরুম্বা

২। য়েৎ-ওই মাইকৈ চোংবা

৩। নাক য়েৎ চোংবা

৪। শেৎপা

৫। শিৎনা শিৎনা চোংবা

৬। হোৎপা

৭। শৌ কাইকা
৮। লান য়েংবা
৯। লাম চেনবা
১০। শ্যা থংপা
১১। শা থিনবা
১২। খুরুম্না

## ৮। তাংখুল

১। খুকউ অনি থুপচম্না লেপলগা ফন চোংথংলগা লেপকনি।
২। খুরূমবা
৩। পানা লাওবা
৪। তুংদা উচেক খোংদা অহুমলক হনবা
৫। খোংফম মাপলক শৌ কান্দুনা চংবা
৬। মাইকৈ মরী লান য়েংবা
৭। হকচাং থুপতুনা ফমথরলা মাংদা অহুমলক চংবা
৮। তুংদা অহুমলক হনবা
৯। লান চেনবা
১০। শা থংপা
১১। শা থিনবা
১২। খোংফম তরুক্তা তা লৈদুনা লোইশনবা।

## ৯। থেল থৌশা

১। খুরুম্বা
২। পানা লাওবা
৩। থোংবী য়েংনা হৌরগা থহুলক কাংবা।
৪। থেল হোংগা
৫। শেংগা
৬। শৌ মাপন্নক চংগা অমসুং কাইবা
৭। থোং তুংদা থোক্তুনা অহুমন্নক চংগা
৮। লান য়েংবা
৯। লান চেনবা
১০। শা থংগা
১১। শা থিনবা
১২। চোংথকনা তা নৈরগা খুরুম্বা

## ১০। থেল থৌশা

১। খুরুম্বা
২। পানা লাওবা
৩। করাংদা তা লংথংগা
৪। চনবা
৫। হোংগা
৬। শৌ কাইবা

৭। লান চেনবা
৮। হন্দোক হনজিন
৯। ফৈগস থিনবা
১০। খুরাম্বা
১১। উরোক্লা ভাখাদা চাংদম্বা

## ১২। খোঁগল খোঁশারোল

১। খুরুম্বা
২। পানা লাওবা
৩। খোং য়েংকী খোংবীনা হৌবা লৈকাংবা
৪। হোংপা
৫। লৌ কাইবা
৬। পননিং পনমাং
৭। হনবা
৮। লান থেংবা
৯। লান চেনবা
১০। শা থংপা
১১। শা থিনবা
১২। চোংখতুনা ভা লৈরগা মোংখোং কোইনা খুম্বাম্বা

## ১৩। অখৌ খুনজাও লৈচাও

১। খুরুম্বা
২। অহুমক মাংদা চোংশিনবা
৩। হনবা
৪। মেহ থংবদা ক্ষেনা অহুমলক চোংশিনবা
৫। হনবা
৬। শৌ কাইবা
৭। উচেক খোং হৌবা
৮। মেহ ওই মকৈ হাইবা
৯। লান চেনবা
১০। শেৎপা
১১। শা থিনবা
১২। খুরুম্বা

## ১৪। পল্লিং শনমাং

১। খুরুম্বা
২। ফেনা চোংশিনবা
৩। লৈরগা চুম্বা হন্দোকপা
৪। অমুক চোংশিনবা
৫। মাইকৈ অহুমলক চোংনা লৈনা মেংশিং

৬। পননিংঙ্গা চোংবা

৭। মাইকৈ অহুম চোংনা লৈনা য়েংবা

৮। পনমাং য়ৌমবা চোংবা

৯। শা থংগা

১০। শা থিনবা

১১। খুরুম্‌ঃ

## ৯৫। নুংঙোল খোঁশা

১। চোংথোকপা খোংক্ষম অহুম পল্লিং পনমাং

২। চোংঙা খোঁশা তানিং তামাং

৩। মাংদা চেপপ চোংলগা খুরুম্বা

৪। তা পনিংদা য়েংলগা খোং কারন চল্লগা অহুমলক চংপা

৫। লান চেনবা

৬। তুংদা তাথিন মল্লিরক থিনবা

৭। হনদোক হনজিন

৮। তনা খোংদোন তমনা চুং মখাদা থিনবা

৯। শৌ কাইবা

১০। লৈতেম্বা

১১। অনিরক লৈতাবা

১২। তানিং তামাং নোংখোং কোইবা

১৩। খুরূম্বা

## ১৬। নুপী খোঁশা

১। চোংঙা খোংজোং

২। খোং কারন চৎপা

৩। খোংক্ষম ফৈনা চৎলগা মিৎনা মথক্তা য়েংবা

৪। মাংদা খোংবী মথক্তান্দা তাজিন্না তমলগা চোংসিন্দুনা খুরূম্বা

৫। লান চেনবা

৬। ক্ষনবা

৭। শা থিনবা

৮। শা থৎপা

৯। চোংথোক চোংশিন

১০। ভুং মাং তানিং তামাং থিনবা

১১। খোংক্ষম অহুম ফৈনা চৎপা

১২। তামাং তানিং কোইবা

১৩। মাংদা চোংশিল্লগা খুরূম্বা

## ১৭। লুখ্রবী খোঁশারোল

১। কৈশিন্দুনা ফৈনা খোংগাও অহুমক কাউগনি

২। ওইনা অমুক চোংগনি।

৩। য়েৎনা লৈশিল্লক্‌না চুম্না তাগনি

৪। ক্লেৎনা শো কাইগনি ( শৌদি নেৎতুনা কাইঁগনি )

৫। য়েৎনা লৈশিল্লকপা

৬। শেৎপা ( ওইনা )

৭। মাই.        লান ল্লেংবা

৮। খোং থিন্দুনা তুংলোমপা খো'ং হন্দোক্‌না লান কোইগনি

৯। খোং য়েং-ওইনা অহুম্নক থিন্দুনা মফম অহুম শা থৎকনি।

১০। শা থিনবা

১১। খুক্লমা

শলাই অমদি মীওইবনা হৈনবা খোংফম মরোঁ মঃ লঃ—

থুমনঃ- থুমনগী হৈনবা খোংফমদি মাই পুংয়ান্না লৈগনি। লোংন্না থেকপা শাথেক হৈনগনি। খুলাই পাইদ্রগানা লোংথুরু হৈনগনি থাংগী লোনা থাংখোক্কী মথকতা লৈগনি।

থাবা ঙানবাঃ— খোং অনি মায়য়োক্না লেপকনি, কারন চৈফুদা হৈনগনি। খোংফম থুংলোন হৈনগনি, শিংবা মানগনি ॥

মঙাংঃ— খোং ওইনা পীংগনি লমজেং হনগনি থাং মরোঁ লৈতে মশাগী পথোলকপা মহৈনি।

অঙোমঃ— থাংগী থাংনিং থাংমাংদা মরোঁ লৈগনি। থাং ময়াক্লসু মতোনদসু মবো লৈ শাথেক হৈগনি থংলাই চেংলি ॥

লুবাংঃ—মরোঁ লৈতে লানজঃ থোই খোং য়েং-ওই থংবা মান্নে। খোংফন অহুমদা অয়াম্বা লাললোং ইপনি।

শারাং লৈশাং থেম্বাঃ— থাংখোক মথক মরো লৈগনি অরুম্বা খুংলাই পাইগনি। মী মাপঙ্গল কনগনি খোংকম অহুমদা মফৈ চংপা হৈগনি ॥

মোইরাংঃ— থাংখোক খুংলাই শেংকনি। থাংনম মতোম মরো লৈগনি। লনলোংদা মরো লৈতেং মী মপাঙ্গল কল্লি।

মরামঃ— মরাম তাগী লালোংদি মরো লৈ তাগী মতোন অমদি নাক য়েং থোগান। থোরিবা ময়াদু মী শা হাংনবা অমদি হকচাং কন্নবা তাবোনান। হকচাং কন্নবা তা অসি লেপ অমা ৱাংগনি (শাংশনি) মসিবু হকচাং কন্নবা তা হকথং হায়না খঙনৈ। মরাম তা মীতৈশিং অমদি চাংমাশিংনসু শাজন্নে ॥

কবুই তাঃ— কবুই তাগী মওংদি মতেক ময়া থোবা ললোংনি। তাগী মওংদি মরাক পাকই মসিসু হকচাং কন্নবা তানি। কবুই তা অসি শা ঙাকাবনসু শিজন্নে। খনিং অসি কবুই তাগী তারোল অমনি। খনিং মরু-ওইবা শাফা তানি। তাগী মচেক্লা পান্দুনা চেনশিন্নবা শা অত্ত চোকথরবা মতমদা শা ফাই ॥

তারোনগী খোংফম চেৎনবা অরাইবা মীয়ম থরাঃ –

লৈখোম অনৌবা অনংবা লৈম্মু মতুম অমা লৈপুং-গুন্না য়াম্না পৈদুনা থম্লগা ঈশিং হৈজন্দুনা হেন্না লাগ হনবানি। লৈপুং অতোপী মথক্তা তা-চুং পায়দুনা চোংথতুনা শান্নগনি। মতুদা ফাভম চুন্না লেপ্পা। ওয়দি খোংফম চেৎলে হায়না লোগনি। খোংফম চেৎনবগীদমক থায়নগী মাতৈ ঈপা-ঈপু শিংনা অসুন্না খোংলোন খুৎলোন অসি শাজন্নরম্মী।

খ্বাং য়েংনা লুবা ঈশিং কোন অমদা তা-চুং পায়দুনা খোংফম অনিদং অহুম অহুমদগী অসুম তৱামনা ফাওবা চোংদুনা শান্নগনি। অসুন্না শান্নবা অসিনা কয়ক কন্নি। অমসুং চোকথবা ফে।

লৈপ অনিরোম শাংবা চৈ অমা থগাই ৱাংবা চৈগী মথক্তা ফৈরগা তা-চুং পায়দুনা তপ্না তপ্না চংকনি চৎপা মতমদা মাংনা মথক মখা থেংগনি। তারকপা মতমদা খোংফম কায়দনা লেপ্নবা হোৎনগনি।

—o—

